লন্‌চেন্‌ব

গী

# মৈনা
# চিংশিল্লক্লিব
# লৈই

ফোংজবা ঃ— পুখ্রমচা শরত খুমন
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক, ইম্ফাল ।

মমল লুপা ১০/-

# *Pheina Chingshillakliba Leiyee*

*Writer* :- *Sagolsem Lanchenba Meetei*

*Publisher* :- *Pukhram-Cha-Sharat Khuman*

*Publised on 23th January 1988*

*NO. of copies 500*

*Printed at* :- *Dhaneshwari Press, Imphal.*
*Sagolband Moirang Mayum Leirak*
*Machin N. C, Road.*



# য়া অমত্তং

শ্রীসগোলসেম লনচেনব মীতৈনা লেংবা 'ফৈন চিংশিল্লক্লিব লৈই' হায়ব শৈরেং চবুল অমগী লাইরিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা মুন্না পাজরে। অশৈবগী থম্মোয়নুংদা মুৎঙমদনা তাপ্রবা মমি অচু য়াহৈগী মতেংনা অপাবা নত্রগা অতাবগী থম্মোয়নুংদসু তাইনবা ঙম্লবদি অশৈবা অচু অশেংবা অশৈবনি অমসুং শৈশক অচু অশেংবা শৈরেংনি হায়না হায়নৈ। শ্রীলনচেনব মীতৈগী শৈরেংশিং অসি থম্মোয়দা তাপ্রবা কাউঙমদবা নত্রগা মুৎঙমত্রবা মমিশিং অচু থম্মোয়নুংদা থম্বা ঙমদচুনা অচম্বা য়াহৈগী মতেংনা ঈশৈ ওইনা থোক্লকপা শৈরেং ঙাক্তনি (মুক্তক কবিতা ঙাক্তনি)। শৈরেংবনা শৈরেংগী অফা-অপুন ওইরিবা শব্দালংকার অমসুং অর্থালংকারগী য়োৎলী থদত্তুনা শৈরেং পুম্নমক ব্যঙ্গাত্মক ওইন ওইদবনা অওইবা শাবা মতৌশিংবু প্রহসন্ তৌতুনা উৎলি। অচুম্ব লৈই মরক্ত অপৈবা লৈইনা ফৈন চিংশিল্লক্পগুম অচুম্ব পথাপ-শক্তম মরক্তা তাৎতৌবদা তানোৎপা মতৌশিং লক্লহনা ব্যঙ্গ-কবিতাশিং অসিদা ময়েক শেংনা উৎলি। ব্যঙ্গ-কবিতাশিংগী মরক্ত রহস্যবাদকী মমি তাবা শৈরেংসু য়াওদবা নত্তে (শকুখণ্ড দ্রবা)। ব্যঙ্গ কবিতাশিংগী মনুংদা 'গণতন্ত্রগী অর্থ', 'মফি থোংত্রবী গণতন্ত্র', 'মীগী মমল' পনবা য়াই। লৈখা তারবা সমাজগী য়াখলবু উত্তুনা 'শঙ্গোম চক্ৎ' অমদি 'চুই অঙাওবা'দা লক্লরি। নোনা থুংমারক্লিবা অশৈবগী তুংগী য়াখল য়াম্না লৈরি হায়বদা চিংনবা পোকচদে।

অয়েকপম চন্দ্রমনি শিংহ
জেনেরেল সেক্রেটরী
মণিপুর হিন্দী পরিষদ
ত্রসেন্নী রোদ, ইম্ফাল

# ঐগী ৱাহৈ অম-'নিদং

শ্রীলনচেনব মীতৈনা ইবা "ফৈন চিংশিল্লক্লিব লৈই" পাবগী খুদোংচাবা ফংলে। শৈরেং কুম্থ্রামরিথক্কী পূনশিনবা লমায় ৫৬ পানবা পিক্তকপা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসি শ্রীলনচেনবগী অহানবা পোথোক্নি। অহানবা পোথোকমক ওইরবসু অপাবশিংদা ৱাখল থলহনবা শৈরেং কয়া য়াওরি। 'পাউজেল' 'গণতন্ত্রগী অর্থ', 'শঙ্গোম চক্ন', 'মীগী মমল্' 'তূই অঙাওব' হায়বনচিংবা শৈরেংশিং ঐগী মীৎয়েংদদি ফনা ফজে হায়নীংঙি। 'পাউজেল' অমসুং 'মী' ইচম চম্বা ৱাহৈ খরনা শেম্বা য়াম্না পিকপা শৈরেংশিংনি। অত্তুবু ৱাহৈ খরা অসিনা ফোংদোক্লিবা ৱাফম খন্থনবা মচাক অম ওইহল্লি। 'গণতন্ত্রগী অর্থ' 'মফি থোংজ্রবী গণতন্ত্র,' 'মীগী মমল', 'তূই অঙাওব' 'খুংথা অমগী ৱাহং' নচিংবা শৈরেংশিংদা মথোঙ তুক্রুবা সমাজ অসিবু করেম্নরি। মীওইবনা সেম্লব সমাজ অসিদা মীনি হায়তুনা হিংলিবশিং অসিবু মীরা, মী ওইরবদি করম্বা মী, মীগী লমচংনা করি, মীনা মীবু মশক খঙজত্রা, হৌজিক্কী সমাজ অসিদা লেপ-লিবা মীগী মমল— খঙনীংনা হংলি, খঙজবা পাউদম্লি, শৈরেং মচা-মচা কয়ামরুমদা, অয়াম্ব শৈরেংশিংদ, করিগুম্বদা য়াম্না শুংনাংনা, করিগুম্বদনা করেম্নরি। ঐনা য়াম্না হায়রুবগী কাম্নদে। নৌনা শৈদম্লকপগী অনৌবা খুংথা পঙনোপ নোপ্না থোক্তে। মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈচন অমনি। মতুংদা হেন্না নীংথিবা পোথোক্কী আশা তৌরি।

"কুম্ভকর্ণন মীৎকপ্, খোরকপদ
ধৃষ্টমাট্রসু মমীৎ উরক্লে
গন্ধারীসু মীৎথুমফি হাংদোক্লে
*  *  *
চেকশিল্ল্-চেকশিল্ল্-চেকশিল্ল্॥"

ঐখোয় খুদিংমক চেকশিন্দবা য়াম্রবনি। চেকশিনসি। খুদোল অসি পুম্নমক্না তরাম্না ওকপা ওইসনু।

-আই.এস. কাঙজম
হিন্দী বিভাগ
মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়

২১, জানুয়ারী ১৯৮৮

# ৱাহৈ-ধরদং

ঙসি ফাওব হিংলক্লিব ঐগী পুন্সিসিদ ঐগী মুং-পান্ অমদি নাক্-যেৎতগী তারকুপ, উরকুপ অমসুং খঙ্লক্প কয়াগী মহৈ ওইন ইজবনি ঐগী অহানব শৈরেং লাইরিক "ফৈন চিংশিল্লক্লিব লৈই"। অতুবু তারক্প, উরকুপ অমদি খঙ্লকুপ খুদিংমক্ লোয়-নমক্ চুমম্দবসু যাই হায়বসিমদি ঐসু থাজে। অতুম্ ওইনমক্ ঐতগী ওইব ৱাহংথোক্ অমসুং ৱাপল্লোন অমদ ঙম্নমক্ সুপ্চিঞ্জ্রন শৈরেংশিংশি খৃষ্টাব্দ ১৯৮৭ ইংগী চহীসিমক্তদ শাগৎচখিব ঙাক্তনি। শৈরেং অসি ঐগ, ঐগী মুং-পান অমদি নাকযেৎকি ফিভমশিংগী তোৎন-ভিন্নরুরগ ওইব হৌখিব, থইরিব অমদি ওইরক্নব কয়াগী ঐগী চেৎন থাজন্নব খরতুগী শেংলব মমিনি। অসিগুম্ব মখল্ মখা কয়াগী শৈরেংশিং অসিন পাম্বৈ ওইরুরগ শেম্গৎচরিব মপুঙ্ ওইব শক্তম্ অসিবুনি ঐন ঙশিগী খঙ্হৈরব মীয়াম্গ ঊৎচনাংলিব। অহানব খুংমাব থইবন চল্লব লাইরিক্শিন মীয়াম্গী পুক্নিং পেন্ন মুংঙাইহন্বদি ঙম্জগদৌব মাল্লে। অতুবু অপুনব শৈরেং লাইরিক্ শিন তমজরিব পাউ অসিগী অফ-ফত্ত অমদি অচুম-চুমদ বয়া ৱাখল্ লৈরব মীয়াম্ মীংকুপ্ অমত্তৎত ওইরবসু খন্বিরব নত্রগ খন্নবিরবাদ ঐগী চহী অম চুপ্ন হোৎনজবগী মহৈ হেন্দোক্ত ফংলে হায়ন খঙ্গনি।

মীয়াম্গী—

অইব

## অকোওবগী ৱারোল

ঐগী ইয়াম্বা শক্লবা সগোল্‌সেম্ লন্‌চেন্‌ব মীতৈগী পূনশীল্লবা শৈরেংগী লাইরিক **"ফৈনৈ চিংশিল্লক্লিব লৈই"** দগী ঐনা ফংজবা মরেক—মহাও অসিগুম থ্বাই পূম্নমক্তা ফংহল্লনীংবদগী লাইরিক অসি ঐগী নোঙ্গাগ্রবা বাবা শ্রীপুগ্রম্বম জয়চন্দ্র সিংহগী মমিংদা ঐগী ঙমজবা পাঙ্গল পুথোকচহ্‌না কোঙদোকচবনি ॥ লাইওইগ্রবা ঐগী বাবা অমস্তুং ঙসিগী লৈতাবা ঙমদ্রবা মীয়াম পূম্নমক ঐনা লাইরিক অসি পুথোকচবগা লোয়ননা ঈংনা মন্না তপ্না লেলহন-বিনবা ঐনা ঈশ্বরগী মফমদা থুরুমজরি ।

থুরুমজরিবা

পুথ্রমচা: শরৎ থৌম্নন

তাং ২০।১।৮৮ ইং

ঈমা,

মপোক্ত কয়া  কয়া হোৎমরবদস্থু

শিংঙম্নরোইত্রব নঙ্গী খোম্লিক'মগী লমন্

শিংগে খজরুদ্রে ঐ নোংমতস্থু ।

মরমদি ?

ঐ খঙ্ঙী ;

ঈমা  ঈচাগী হুংশিবসে,

লমন্ থৌনব অমদি শিংনবগী নত্তে হায়ব !

অত্তুন কংচরবনি নফম্দ

ঈমাবু হুংশিজবগী অহান্ব খুদোল্

“ কৈন চিংশিল্লক্লিব লৈই ।”

তোল্লব নচা :-

লন্চেন্ব

# ময়াঙরিবশিং

# থাদোকৃপিয়ু

কোহ্লিং কারুব,
লৈকাং চারব.
লেপ্তন চপ্শিল্লক্লিব কোম্শিদগী,
গীংকুপ্ অমতং,
সূপ্নগী মীৎকুপ্ অমতং.
থাদোক্পিয়ু ;
ঐবু থাদোকুপিয়ু ॥

লংম্নব বাকৎ কয়া-কয়া বেলকুশোংনহুন,
লাক্লে ঙম্নমক্ হৌনহুন,
অশি' লৈবাক্তগী ;
আ ! মংলৈবাক্তগী ॥

খঙ্ন-খঙ্ন খঙখিদ্রব,
উন-উন উখিদ্রব,
মথোয় কয়া-কয়ান,
তিংথোক্লরি মীৎমাঙশিদ.
মথুং লীশিং-লীশিং ॥

হৌরক্লি পিগী ঈথক্-ঈপোম্ অম,
থম্মোয়গী লৈথক্ লৈখা.খোম ।
মখোক্ লোম্নরব পাগী পল্লোন্সিন,
করম্ন ঙমগনি খিংহুন থম্ন.
চোক্থরব মীৎকী মীৎপাল্ অনীসিদ

চেম্বহম্‌,
অমুক্তং চেম্বহম্‌ ;
ঈরোঙ্‌ ফাংন,
ঈচেল্‌ নাইন,
মৈশাতন কংথ্রব পিগী পিরম্‌সিদ ॥

খোঞ্জেল্‌,
সুংগী খোঞ্জেল্‌,
নীংঙমদবগী খোঞ্জেল্‌,
খাঙ্‌ঙমদবগী খোঞ্জেল্‌,
হীরু তেংথাবগী খোঞ্জেল্‌,
মখোল্‌ থোক্‌হল্লোই ;
চীথাল্‌ লাল্‌হল্লোই ।
অচৌক্‌পদ,
আ ! মতাইদ,
ইদোম্‌ ইথন্ত,
থম্মোয় তেংন
থবায় তান,
কপ্‌চগে ;
অমুক্তং পেন্ন কপ্‌চগে ।
মীংকুপ্‌ অমতং,
সূপ্লগী মীংকুপ্‌ অমতং,
থাদোক্‌পিয়ু ;
ঐবু থাদোক্‌পিয়ু ॥

---

## পাউজেল্

ইতা থাউমৈগী বাবীদ
কুম্ভকর্ণন মীৎকপ্ থোক্পদ
ধৃষ্টরাষ্ট্রসু মমীৎ উরক্লে
গন্ধারীসু মীৎখুম্ফি হাংদোক্লে
সনা কোম্নুংগী হুরান্বশিং
চেকশিল্লদ্—চেকশিল্লদ্—চেকশিল্লদ্ ॥

# অসোম্ ব্রাংমদ

মীরোল্ তারকঙৈদগী ঈমাঙ্সিদ,
লেপলক্লি ঈমা নঙন,
শক্লোন্ কয়া লৌন ।
উই,
হুমিং খুদিংগী উই ।
অত্থবু,
উদে ;
হুমিং খুদিংগী উদে ।
মরমদি ?

য়েংগে থল্লদে ।
অমুক্তংসু,
সূপ্নগী অমুক্তংসু ।
অত্থবু * * ??:!?
করিগীনো ?!
কদায়দগীনো ?!
খঙ্গরুদব মীৎকুপ্তুদ,
উরুই,
হাইফেৎতং মশেন্ - মরাং ।
ও !!?!!
অথাবনবু অসুক্ থুম্ব ?!
তংখিগ্রি,
মহাওসে অমুক্ত তংখিগ্রি ।

ফৈন চিংশিব্রিব লৈই

সুমহংথি ।
ঙাওথি ।
য়াই থাগ্রব ঈশাসে,
চিংথি পন্থ্রংফম্ থঙ্দনা,
নঙগী মায়কৈদ,
অসোম্ বাংমদ ।
অসোম্ বাংমদ ॥

# শক্খঙ্দব

মচু তরেংকি সগোল্ম' চিংলব
সনান থাল্লব দোল্লাই তোংহুন,
লাক্খি শক্খঙ্দব নঙন নোংম,
পুক্নিগী অঙন্ব অমুক্ অমদ ॥

থম্মোয় অতিয়াগী অমুবা লৈচিল্লক্ত
শগোল্গী খোঙ্জেল্লা থুকপ্ থারক্ তৈ
চাইথোক্খি মাযকৈ শীন্ব থুংন
সনাগী লীক্লন মচোই-মচোই ॥

অহিংগী অমুব শম্লাংন কুপ্পদ
পিগী লীক্লান চাম্লব থম্মোয়দ
থিম্দোক্খি মচুন ইখঙ্ খঙহৌদ,
মীংথক্ল নীংথির লুপাগী মচু ॥

লাঙ্তক্কর' পুক্নিংন চঙক্ল য়েংলিতৈ,
কুম্থরক্খি নঙন মোমোন্ নোক্ল,
লশিং মফোল্গুম্ ঙৌন মোল্লব,
মঙ্লানগী লৈচিল্ মপৈদ খোঙ্নেংন ॥

থাজদন নঙন ঈনাক্ত লেপ্পরবদ,
হায়ফম্ খঙ্ত্রব মুংঙাইবগী ইথিলন,
ফাওরক্খি হক্চাংগী তুখোঙ্ থুদিংদ,
য়ৈরক্খি খোম্থাং কয়াৎ শীম ॥

কেনা [illegible]বা' জেই

খঙ্দে অসুম্ন কয়াম্ কুইন,
লৈরুরব তরঙ্ মালং'মদ তাউন,
নীংশিংলক্তৈ মীৎকুপ্ত নঙ্বু ঐন,
যেংখৎচরুই লুকক্কব মীৎয়েংদ পাখৎন ।।

অতুব্ব চ-খিরম্লে নঙদি ইক্লাক্তগী
হল্লকনি হল্লক্ল'রাই খঙদ্রব খোঙচং'মদ
পুক্লিংগী বাহৈমসু হায়হৌব নংগৌদ
কায়নরে অসুম্মক্ থাজবগী বাংমদা ।।

---

# মীগী ৱারী

মী অম পোক্‌খি,
সাগৈ অম থোক্‌খি।
মী অনী হিংখি,
কাঙলুপ্‌ অম সেম্‌খি।
মী অহুম্‌ চংখি,
খুন্নায় অম শেম্‌খি।
লৈবাক্‌ কয়া পূন্‌খি,
মালেম্‌ অম ওইখি॥

খুহুম্‌ শীংন লাউখি,
মরোল অহুম্‌ ঙমখি।
মখয়াং লাওন নোক্‌খি,
উম্‌শিনব নংদন থংখি।
লৈথক্‌ লৈখা ওন্‌খি,
মহৌশা খোঙ্‌চৎ লেপ্‌খি॥

মালেম্‌ উফুল্‌ তাখি,
লৈবাক্‌ অম কায়খি।
খুন্নায় অম মুংখি,
কাঙ্‌লূপ্‌ অম মাঙ্‌খি।
শাগৈ অম তুম্‌খি,
মীগী মমি শাম্‌খি॥

# গণতন্ত্রগী অর্থ

থবী ফক্পি মাইরেল ফক্পি,
চৌক্রিগী লাল, মন্ত্রীগী মথৌ।
হঙ্গর ষ্ট্রাইক্ বাজার বন্দ,
ওফিস্ ষ্টাফ, খুদিংগী মথৌ।

লম্দম্শিবু গণতন্ত্র ফংলব হায়বত্থর ?
গণতন্ত্র হায়বগী অর্থবু মসির ??

নোট্ মতোন্দ থেংলিব ভোটর,
চাক্লেন্ অমদ পীরিব অধিকার,
প্রজাগী মমিংদ অচৌবা করবার,
শেন্দোংত ফংব ঠিকাগী স্কুল;

লম্দম্সিবু গণতন্ত্র ফংলব হায়বত্থর ?
গণতন্ত্র হায়বগী অর্থবু মসির ??

করপ্সন্গী চোলোম্দ থবক্ফংদবগী মাংগঙ্,
লায়রবগী ফম্মাংদ সেন্দোনগী গীতা,
বন্ধোপ্কি দাইরীন সেম্লব কু,
মহাজোন্ন খুংথারব বি.এ. — এম.এ.;

লম্দম্সিবু গণতন্ত্র ফংলব হায়বত্থর ?
গণতন্ত্র হায়বগী অর্থবু মসির ??

অহানব লমায়দ মীহাং — মীপুন,
অনীস্থব চেনাদ লুং — পাং,
মীংকুপ্ত মাঙলব লুপীগী ইজ্জৎ,
লুংশিংত পাইরিব মীওইবগী থবায়;

লম্দম্সিবু গণতন্ত্র ফংলব হায়বত্থর ?
গণতন্ত্র হায়রগী অর্থবু মসির ??

নহারোলগ আর্মিগন ছত্রংগী পোরম,
শামুন ভুবদ হঙোইগী মর্শা,
হেরোইন, মোর্ফিন, ড্রগকি গুহা,
কাখৎপ ঙমদ্রব খোঙতেকপ নহাঃ

লম্‌দম্‌সিবু গণতন্ত্র কংলব হায়রবছুর ?
গণতন্ত্র হায়বগী অর্থবু মসির ??

খোম্বরীন পুল্লব, লোংউপন উপলব,
ডাক্টর, ইঞ্জিটর, অইব, অশৈব,
ওইজব থিরব, চীরোল্ তৌরব,
ক্লব, সংস্থান, এসোসিএসন, ওর্গেনাইজেসন;

লম্‌দম্‌সিবু গণতন্ত্র কংলব হায়রবছুর ?
গণতন্ত্র হায়বগী অর্থবু মসির ??

পেরুক্ক চউর্বী থুংরঙ্গী নীঙ্ঠোল,
বৈথেলগী সন, লুকমায়গী চৌকিদার,
মচাগী হাকন্দ পায়রিবী মৈরা,
মখাঙ য়োরবী সনরেম্বী মমম,

লম্‌দম্‌সিবু গণতন্ত্র কংলব হায়রবছুর ?
গণতন্ত্র হায়বগী অর্থবু মসির ??

অছুদি ঐ পামজে গণতন্ত্র;
লৈঙাকপম্বু পামজে; প্রজাম্বু ওইসিনজে;
থাদোক্ত্রন চৎনীংদে লম্‌দম অমদা;
করিম্বু লৈতব, করিম্বু য়াওদব ॥

# মী

মমা মশীংনে লৈহাও চায় ।

ভীল্ অচৌবন ভীল্ মচা চায় ।

ঙা অচৌবন ঙা মচা চায় ।

শা অচৌবন শা মচা চায় ।

মীদি মনামমশিংসু চায় ।

মীদি ভীল্সু চায় ।

মীদি ঙাসু চায় ।

মীদি শাসু চায় ।

মীদি মীসু চায় ॥

---

# চষম্‌নৰুৱ

খঙ্‌ঙমদ্ৰৱ ইৱাল্‌ অমগী চৈমান্নু পুন,
থাৱক্‌খিবনি ঐবু নঙগী শোইৱমুশিদ ।
ঈকায়ব ঙাক্‌চনব ইফি মচেংথুক্‌নাও,
মুনশি হৌবনি নঙন্ সুংশিহৈভন ।
পীৱক্‌খিদবনি সুপ্নগী চেঙ মৱ'মফাও
চৱাম্ চদংনৱ' হাপ্ন ঈবুকিদমক্ ।
পেন্‌খিদে ঐ, থম্মোয় শোক্ন বাৱৌথি ।
অছুবু কৱিনো ভতোপ্ন পাম্বে ;
ঝাকৎকম্‌ অমুক্ হন্ন পীবিদ্ৰবদ,
অমুক্‌ তোল্‌হল্লবদ, তোখাই অাহল্লবদ ॥

শাইজিন মৈৱায়ৱ' য়ুম্‌গী থোঙজিন্‌সিদ,
ইথোঙ্‌ নাম হেক্ থাংগিল্লক্‌কৈং,
পঙ্‌থখি, লৌশিং মাঙ্‌খি, তাইৱবহুদ;
সুং–পান অনীগী খেন্নৱব মৈশাহুদ ॥

থংনব মীৎকুপ্‌ত লৈৱম্মি মঙ্‌লৈবাক্‌সিদ,
তোন্‌বদৈ তোল্লব অতোন্‌ব মৱকসিদ
কপ্‌খি ঐ, থবায় শোক্ন কপ্‌খি;
অছুবু তায়োন্নখি মখোয়দি হৱাউ মীনোক্নৱ ॥

মশান মশাবু মশক্‌ থক্‌–খঙভব্ৰব
মনীং ভম্ন নিংশা খৱ হোন্‌ঙম্‌দ্ৰব,
মীওইবগী মিংচং মচেং'মফাও কন্‌ঙমদ্ৰব,

ভুহৎ নৈহংপিরব লেং-চাব কংগমকন
মখোয়নদি ওকখি য়াম হয়াওন,
মরোল্ খুঙ্রব সুংশি ব্যাউন,
শৈতব্ খোরাংন শাইরকওম,
মপোক্ কয়া লাংওন্ কয়া ॥

তরঙ্ মাজাংনরিঙৈ পীনক্খিব খঙ্হৌদে,
লায়রা ঈরুকুশে থম হু !
ময়াই করব সুংশিবগী হু !
ঐ ভাওখি, হৃশেংন শাওখি;
করব ময়াইহদ অমুক্ত থেংনরিব ॥

অহাঙব অভিয়া মকোয়শে থম,
খন্খিঙৈ মচু তয়েখকি চুমথাঙ্ন,
থোংন খল্হরব করব য়োহ্নিলংহন,
ঈখোঙ ঈথুং চেৎন পুন,
চিংশিন্খি অসুম্মক্ লেপ্তন;
মৈরী থোক চারব মৈগী কোম্হদ ॥

ও ! ওম্বোক্পনি, পুম্তোং তোংঙান্বনি,
মৈশা ফাওখিদবনি, মৈরক্ন্দ তাশিল্লবঙৈ ।
মৈরক্ন্দৈ লোথংতুন পীরুঙৈ তক্ষায়াই,
মথুং লীশিং তিংথোক্তুন লেপ্লিব মখোয়দ;
কৈদেনো য়েরক্খিব থাঙ্ডম্রব মৈশালক্ন্দ,
মেঙন ময়াই কায়ব নামিবগী শাহম্ ॥

তারকলে পি,
মীংলুই নাপোম্ অনীশে থম,
পেম্ম সুংঙাইরবদ মীৎকি পি ।

কমব চৈরাক্‌দুংদ লোৎলম্লিব,
থোৎন লোইনাইত্র থৌজালশে
থঙ্‌লুদবন বাগৌরুই নঙ্‌বু কয়ারক হক,
ঙচীন্দি খোক্কন ইদোম্ থম্মোয়ফুংদ ।
য়ানিংত্রে, ঐ অমুক্ য়ানিংত্রে ।
হায়মীংলে নম্মদগে লোইলম্ নত্তে ।
থাদোক্নীংত্রে ইমুঙ্‌সে, থাদোক্তুন চৎনীংত্রে ।
অহুব্ চৎপদি তাই নোংমদি শোয়দন,
ঙমমক্ লংথোক্কম্ লোইনমক্ থাদোক্কম্,
ইদোম্ লাক্‌পগুম্
ইদোম্ ইথত্ত লাক্‌পগুম্,
কায়নবৈ পিরাং ঙরিক্ থায়ন ॥

# পোক্খায়গদৌরব মৈগী চীংথক্সিদ

ঈমীৎসে চেজেৎ উইশির,
লাক্ই লম্শাঙ্সে লেপ্তনা ।
শায়ে চোংতুন করিগুম্বদ;
থবানমিচাক্ অমদৈ অমদ,
লৈচিল্ অমদৈ অমদ,
অমুক্ সূর্যগ্রহন্দৈ চন্দ্রগ্রহন্দ,
অমুক্ শজীক্তে থবাদ,
অমুক্ নুংখিল্দৈ অহীংদ,
অমুক্ থাশিদৈ থানিল্দ ।
লাক্ই অমুক্সু নিংথৌ্তুরেল;
লোংন অমুক্ তাউ,
উপ্ন অমুক্ তাউ ।
করিগুম্বদন ফম্ই ধ্রুবতারাদ,
করিগুম্বদন হীপ্লুই খোংজোম্নুবীদ,
করিগুম্বদন ওল্লুই নোংজাবী মরক্ ।

অত্থুবু খঙহৌদন চুম্থাঙ্দ পল্লুবৈ,
লেপতুন লৈরম্মি মীৎকপ্ থোক্পদ,
পোক্খায়গদৌরব মৈগী চীংথক্সিদ ।।

# য়ু লিক্লি

য়ুঙাওব ময়াম্‌গী মরক্ত,
য়ু লৈক্লি অমথক্তুং,
য়ু ঙাওব অমন পুরক্‌ই ।
নাম্বুখি,
কায়খি ;
মচেং তাথি ।
য়ুঙাওব ময়াম শাউনৈ,
থীন চৈনৈ ;
তাপ–তাপ খুম্নৈ ।
ঈন পুমতৈ তৈ ॥
অমন হায়—
ঐন পায়ন্নিবশি মঙক্‌নি ।
অমন হায়—
নত্তে ঐগীসি'ন ।
খন্নন হায়—
নত্তে ঐখোয়গীসিনি ।
খন্নন য়েংলি—
নত্তে, 'সীন চুম্মি ।
শাউনৈ,

খৎনৈ ;

ফ্নৈ ।

খঙহৌদে,

পুলিস গারী অম খৌজিকই ।

তুমিন্ লৈনৈ ;

অমগ – অমগ য়েংনৈ ;

পাখৎনৈ ।

অচুম্ব শান ভাঙ্নৈ ॥

অতুবু ,

পাম্বে লৈতন কাখৎনখি,

গারীতুদ মথং – মথং ।



# য়ূমদাংমন কৈনাব

হিঙ্গোল ভান্নবগীদমক্,
মীরম্গী হুই অম লোইরুই ।
শঙ্গোম্ পীথক্ই ।
তল্ পীজে ।
শা মতুম্-মতুম্ পীজে ।
মোম্পাক্ মথক্ত হীপ্ হল্লি ।
তোতি ঈশিংদ ঈরুজবী ।

ফমেন্দ কুল্লক্ই ।
ঈমুংদ চঙ্লক্ই ।
চাক্থুম্দগী চাক্ চারক্ই ।
মপূক্ থল্লবদ ফম্জাউ কাহ্নন তুম্লক্ই ।

নোংমদি পোথাগে থল্ল,
ফমজাউদ কাথংলুই ।
কুন্দুন লৈরম্মি হুইহু ।
ভংলক্ই মমীৎ ভাঙ্ন ।
ঈথুং নাম্মতং খাঙ্গৎলুবদ,
চোংশিন্দুন লাক্লক্ই চরম্সিদ ।
য়াথুন্ তাব মখৈ ।
ঈথেং তাব মখৈ ॥

পাখংতুন চেংঙোরকই মপান্দ,
ঈপা পাখংন তয়াং-তশোইন ।
হমাংগ ঈগ তিন্নখিন্নন,
তারকই হকচাংদগী তপ্-তপ্ ।
পান্বৈ লৈতন য়েংলম্মি হন্ন ।
তুম্গৌই নাখোক্তুন মীরমগী হুই
ফম্জাউগী মোম্পাক্ মথক্তুদ ।
হূ কারব হক্চাংসে পুন
শিগদোরব সুমীৎ ঙাইন-ঙাইন
কুম্থরক্ই মঙ্গোন্গী চুরি তাফমদ
ঈথুং তুংবুন ঈকোক্ নোম্নন ॥

---

# থামম্ব অহিংশিগী ম্বারী

লমতাগী থাঙ্জ তরেৎক,
থাশিগী অহিং চাম্মগন,
মম্মুং মফেন ওইরব,
অমুব ফীজঙ্ন মকোক্থুম,
লম্মেন চাক্থেক্প্রব উমংগী,
মৈথাক্ ওইরব উশাশিংদ,
থরাক্—থরাক্ য়াম্ছরি,
নোংঙানব নাইত্রব ঙসিগী অহিং ॥

মরোল অহুমগী নোংলৈ মুংশিং,
শরুগী পোল্লাংদ হাপচিল্লক্,
অশি' লৈবাক্কি শরোয় ঙাম্রোমশিং,
কুম্থরকুই ঙম্ম মোংফম্সিদ ॥

উন—উন মিৎমাংসিদ
শরোয় খুম্মোকখি, খুদ্দিন্খি ॥

হিংন হিংন কুম্জিন্প্রব,
মীওইবগী মংথোঙ্ হাং,
কোখোক্তুন অশিব মশাশিং,
শেৎ—শেৎতুন চাখি ॥

কুমখিবদ ঙায়রিব অমগী,
শিরুম নারুম মশা'ম,
শেৎতুন চারুঙৈ খঙহৌদন,
লাউয়কুখি মিহুন থাহুন্কুক্,
খম্মোয় শেগাক্ কায়—
"হিংহল্ল ঐবু হিংহল্ল
হিংহল্ল ঐবু হিংহল্ল" ।

শয়োয় মশেন্ য়েংনৈ,
মিংন ঈঙিং তৌনৈ,
উন-উন য়েংন-য়েংন,
ইপুম্ থুম্নব মথুজিন,
পম্নোন শান চেংন-খা,
ঈথেং তারব মখয়াং,
নোংমদোন্ খেংন কাথোক,
মীনম্ নম্নব খোম্থোক,
থেক্ক নোক্নব মীনোক্ক,
খোম্থাঙ্ য়ৈন লাউরক্খি—

"য়াদে নঙ হিংব য়াদে ।
হিংহ্নন লৈব গুংয়া য়াদে ।
মরমদি নঙদি হাউরব চীঙাক্নি ।
ঐখোয়গী চীঙাক, হাউরব চীঙাক ॥

আ ! * *

খোঞ্জেলগো খোম্থাঙ্দ তিন্খি,
বাকংন চৈরাক্ শনখি,
হুমিং থাম্মু মাঙখি,
গ্রহ উপগ্রহ লোংখি,
মতমগী খোঙ্জেন্ হোংখি ॥

ও ! * * *

অহুবু করম্মদি কাউগনি,
থম্মোয় পিন পারব,
বাখল্ কুম্বং শারব,
থামম্ব অহিংশিগী বারী,
থামম্ব অহিংশিগী বারী ॥

---

কৈন চিংশিল্লাকিব নৈই

## মফি থোংত্রবী গণতন্ত্র

দুর্যোধনত্তবু [1] লাইনীং ওইজরব,
দুঃশাসন [2] ওইরব লৈঙাক্পশিংদ,
ঙসিসু রাজ-সভাগী ময়ায়মক্শিন,
দ্রৌপদিগী মশক্ ওইরবী গণতন্ত্রগী,
চিংথোক্লি মফি মীয়াম মমাঙ্শিদ ।।

মফি থোংত্রবী হকচাং কয়াৎতুদবু,
য়েংজনিংবন ঙাওরব মথোয়শিং,
ময়াই কারব মায়থোঙ্ পুন,
নোক্লি খেক্-খাক্-শিথন ।।

মসাগী ইকায়ব কঞ্জনিংলবি গণতন্ত্র,
মমিৎতগী মপি চহুম তান,
কপ্নি সুংহিক্ক পাম্বৈ লৈতন ।।

কৃষ্ণ চাম্ম-চাম্ম থোরকই ।
গণতন্ত্রগী ইকায়ব কনদোবোই মনিংই ।
অদুবু মথোয়সু ঙম্নমক ওনখি দুঃশাসন ।
চিংথোকখি মথুদাং শিথ মখৈ,
গণতন্ত্রগী ইকায়ব কঞ্জনব মফি ।।

সুমিৎপু গ্রহন উমগ্রবদ,
পূর্নিমান থাশি ওনগ্রবদ,

---

১। দুর্যোধন = ফত্তনা লন তানশিনবা
২। দু : শাসন = ফত্তনা লৈবাক ঙাকপা

লেক্থহুন তাঞ্জে গণতন্ত্র,
চগুংনন লৈরিব মীমাঙ্সিদ ॥

অতেক্প শদোংতবু পাম্লহুন,
খৌবোম্ থন্ন শরাক্ তম্নব,
চোংশিনখি ছুঃশাসন চাম্ম-চাম্মন,
ইমাঙ্মক্কদ, মীয়াম মমাঙ্সিদ ॥
অনৈবন ময়ায়দ চেন্খি ।
অরুবন মতাইদ চেন্খি ।
পাম্বৈ লৈত্রব পাণ্ডবশিং,
মকোক্ লেক্থন মথুং মক্লাঙ্দ লোন্শিন্ন,
মমিং চেজেং উইশিন্,
ময়া ক্রক্ চীক্,
খুরুখুদক কুন্দুন লৈরি ;
তুমিন—তুনিন্ন মচি-মচিদ ॥

---

# থাউ হৈদোক্লিব থাউমৈ পোদোন্

চীংলোন্ বাংমদ খুমিং তাপ্রবদ,
ইপা পাখংন লায়নিংথৌ কাচিন্দ,
কোয়মা মানৈ থাউমৈ পোদোন্দু ।।
খওদে কনান করম্ম থেংনুরব,
পোদোন্দু তুখি থয়ো—থরো ওনখি.
মিরাং থুরব কাংখ মখাদ ।।
থাউতন লোক্তাক্ শারব লৈমায়দ,
শামৈ ঐথোয় ভম্ম অমাংগোয়,
কোয়চেন্ চেন্ কোমচোং চোং ।।
লৈনীম্ম হৌবব মৈখেং উপুদ,
ময়া য়াওব্রবী ইবেম্মোক্লদি,
ময়া কাখং "হা" কাম্মি ।।
মখুং নাম্মহুন কোইমা মাই,
থাউ হৈদোক্লিব থাউমৈ পোদোন্দু.
কাংখ মখাদ মিরাং মরক্ত ।।

---

## অরেঙ্-অরেঙ্ পুংথর

ঈশিং মুন্নশিং হোংখিবদগী,
মমিং মমায় খঙ্দবমখৈ,
মশা থীন্দোক্লব অঙাংছু,
মখোঙ্ তিংথোক্কন কপ্লি ;
অহিংদ মুংথিল্দ মতমচুপ্পদ ॥

কপ্প ঙম্লক্ত্রবদ নোক্কে হোংনরুই ;
মিংকুপমগী পোম্খাকম্ থিননব ।
অচুবু ময়া হেক্ কাখৎলুবমক্তদ,
চেম্বরক্ই চাথংলব মথম্লাংতগী ঈ
অঙাঙ্ব ঈ মশামক্কী ঈ ॥

পাম্বৈ লৈত্রবদ অঙাং অছু,
অমুক্ কপ্লি মখোঙ্ তিংথোক্কন ;
অহিংদ মুংথিল্দ মতমচুপ্পদ ;
ঠৈনাখোল্ থাঙ্ন শিথ - শিথ ॥

# খূৎথা অমগী ব্রাহৎ

নোংম চঙ্লুই ইথস্ত,
অচীকৃপ তাঞ্জা য়েংলহ্রূন,
এসেম্ব্লি হোলগী কেম্পসত ।
হোল্ মমাঙ্মক্তদ লৈরম্মি,
অশাব মূর্ত্তি অনীথক্ ।
অমন মীতৈ চম্নুরাগীনি,
অমন মীতৈ মুপাগীনি ।
চম্নুরাহ্রূন ঈশ্লিং হৈথৈ,
মখাঙ্দ য়েপ্লিব সনাবুন্দুদগী ।
মুপাহ্রূন ঈশিং থক্লি,
খুজোক্ য়াহ্রূন খুরুখুদক্ ।।

নীংথির শক্তম্শিংহ্ন মুম্ন য়েংলুঙৈ,
উরকই শক্তম্শিংহ্ন মথায় পান্বগুম্
শান্গুমস্ন তৌই বারী কয়া
মরোন্ থোক্তন অমগ — অমগ ।।

মুপাহ্রূন হায়— "হৈথরকউ,
খোগংনর অরাম্বশে কোক্তি,
হৈথরকউ, লেপ্তন হৈথরকউ ।।
মুপীহ্ন খুম্মি—"লোইগ্রে,
য়াওরক্প সনাবুনগী ঈশিং ;
লোইগ্রে, ঙম্ন লোইগ্রে ।।"
অহুবু পেম্নাইত্রবহ্রূনদি হায়ল্লি—

"হৈথরকউ, লেপ্তুন হৈথরক্উ,
খৌগংনর অরাম্বশে কোক্তি ।
খৌগংনর অরাম্বশে কোক্তি ॥"

পীথোক্পদ হালেংব লৈত্রবীছুন
হৈথরি অমুক্সু লেপ্তুন
তনৌরবী মশাদগী ঈ,
চেল্লিব শিংলীগী ঈ ;
লম্-তোংগী ঈ ॥
মুপাহুন থক্লি অসুম্মক্,
লেপ্তুন খৌবোম্ থল্ল ।
অহুবু শোন্বদি লেপ্তে—
"হৈথরক্উ, লেপ্তুন হৈথরক্উ ;
খৌগংনর অরাম্বশে কোক্তি ।
খৌগংনর অরাম্বশে কোক্তি ॥"

খঙহৌদে লুখম্দ থুবাক্ক শেং.
হঙ্গংন য়েংলুই পুলিস ওইরম্মি ।
ইঙক্ লাক্তুনা মপান্দ ঈম্বোরক্ই ॥

চৈনা মরক্তুদ রাহুং কয়ান
ইকোক্ মঙ্গুংদ থরো-থরো ওল্লি,
ইথন্ত চঙলুবগী খুবাক্ক ?।
অচীকপদ চঙলুবগী খুবাক্ক ? !
মুক্তিহু যেংলুবৈ খুবাক্ক ? ।
রারীছু তারুবৈ খুবাক্ক ? ।

---

## ঈরাক্লরবদ

ঐ কয়ারক্ হয়,
থল্লরোই থন্‌বনি ।
অহুবু, য়াদে ।
শুংয়া য়াদে ।
থল্ল্‌বদগীনি,
কোক্ চীক্লক্লিব ;
থাঙ্‌ঙমদন য়ারক্লিব ।
য়ামন্‌বদগীনি,
শাওনিংল্লক্লিব;
শাওনিংমন্‌বদগীনি কপ্‌লুরিব ইমীৎকৃৎপমথৈ ।
পাঙ্গল্ থোক্তবন,
থোক্‌হন্দবন ।।

মশিমক্লনি,
নোক্‌পা তমনিংহন্‌খিব ঐবু,
পোথাফম্ শুইনব ।
অঙবু লুয়িবদি,
কনাদগীনো ঐন.
নোক্‌প তম্ন্‌গদৌরিব ?
মরমদি,
পূম্নমক্কি কপ্পি ।
থম্মোয় শোক্ল কপ্পি ।

অহুবু ঐদি ,
কপ্প য়াদে ।
কপ্ তুন পুন্সি লোম্ থিব য়াদে ।
নোক্তব য়াদে ।
নোক্তব সুংয়া য়াদে ।
অহুবু,
করিগীনো ?
কাথংলিব চীম্বাল্শিদ নোক্লিঙ্ব ফাওরক্লিব ?
অশেংব মীনোক্ নত্রবসু,
অশেম্ব মীনোক্ অমত্তুংদদি,
লাক্উদন ;
কংলব চীম্বাল্শিদ ।
শুপ্পগী মীংকুপ্ অমত্তুংগী গুইরবসু,
পোথাব ফংনব,
কাউথোকপমক্ ঙমত্রবসু,
নীংশিংদব মাম্নব ।



# খূবাক্-খূনম্

নীংশিংব থোক্ত্ৰব মতমদগী,
কংলাগী সনথোঙ্দ লৈরম্ব,
অঙৌব কংলাশা অনীত্থু,
কাপ্থায়খিবদ মচেৎ তান,
কপনখি তূমিন তূমিন ।
সুংশিবদগী,
শক্তম্ অনীত্থু মাঙহল্লিংদবদগী,
মখোল্ থোক্তন থম্মোয় – থম্মোয়দ,
লম্দম্শিদ,
ঙশিগী লম্দম্শিমক্তদ ।
ঙরাংত সহীদ মীনরদ,
থাজ্জংখিব অমুব কংলা-শা.
মকোক্ লোঙ্লব কংলা-শা,
মচু হোংলব কংলা – শা,
মশক্ ওল্লব কংলা – শা,
উরুবদ খৎনৈ, য়েংনৈ ।
লম্দম্শিদ,
ঙসিগী লম্ম্সিদ ॥

অঙৌব কংলাশাগী মকম্
অমুব কংলাশান শিনখিঙৈ,
কম্নিগীনো.
অশুক্ খেম্নরিব ?
ইনাংত, থুম্নাইদ, লৈঙাক্‌লোন্দ.
সুংশিবদ, মিসুংশিদ, কৎথোকপদ,
থনবদ, থম্নবদ, থলহন্‌বদ,
উবদ, উনবদ, উহনবদ ।

---

# মীনোক্কুম্গী চৈথেংদ

থৎশেম্ অমগী আম্বত [illegible]নুবদে,
মথোয় পূম্ব পূমডাও—ডাও,
অম'ই কুম্‌হৈ অমন য়েং,
অম'ই বারী অমন লৗ,
অমগ—অমগ তিকি য়েং,
নোকুলি ;
চোং—কল্লি ।
নোকুঙম্নবদ অবাব থাঙ্‌ঙি,
মমিংতৈ মপী তাই,
মনাতোন্দে মনপ্ তাই,
ময়াদৈ মতিন্ তাই ।
অছুদৈ লেক্থরক্ই,
মথং—মথং,
অম'ই মথক্ত অমন নন্,
অম'ই মথক্ত অমন নন্ ।।

# "অমুব কোরৌহন্‌ব"

মালেম্‌গ অতিয়াগ শম্নব,
নোংপোক্‌থংব মীংয়েংগী ঙম্‌খৈদ,
লম্মৈন চাকৃথেক্‌প্রব কোরৌহন্‌বহু,
উথক্কি অমুব কক্‌চেং মহুম্‌গুম্‌,
ওন্থখি থঙ্‌হৌদন শাহুক অমদ,
লাউন খোংন, খেরু হারু,
চীংলোন্‌ অমদগী অমদ ;

মথৈ পান্দব, মতু চোম্ব,
লোক্লংগী য়োংনাউশিংন মতুংইন্নৈ, কম তানৈ,
মৈতান্‌ ওইরব কোরৌহন্‌বহু ;
মৈতান্‌ ওইরব কোরৌহন্‌বহু ॥

খোঙ্‌জেম্নুগী পন্নুংকম্‌ ওইখি থাজদন,
ইপুম্‌ নাইপুম্‌গী লুরব গুহাহুদ ।
অহুবু চোংথনখি মথং—মথং,
লুংশিংকি মমাঙ্‌ থারক্লিব য়োংনাউশিংহু,
কাথংপ ঙমদন লুরব গুহাহুদ ;
কাথংপ ঙমদন লুরব গুহাহুদ ॥

অমুব কোরৌহন্‌বহু কম মুম্নবদ,
ঈগী ঈরক্তদ ঈরাক্লরক্‌উঁ,
অমগী মথক্ত অমন নেং,

অমগী মথক্ক অমন কা৯
হোৎনরক্খি কাথৎনব গুহাহুদগী ;
হিংমিংখন মথায় মশা-মশাগী ॥
অহুবু অম্মুম্মক্ তাহুন লৈহৌরে,
খুলগাৎপিনব য়াওএব অমুব কোয়ৌহন্‌বহু,
লুয়ব গুহাহুগী ঈয়োলন্নুংহুদ মীয়োল কয়া,
নীংশিংলুব য়াওদন কনামত্তনস্থ ;
অতিয়াদগী ওহুথিব অমুব কোয়ৌহন্‌ব ;
অতিয়াদগী ওহুথিব অমুব কোয়ৌহন্‌ব ॥

---

# ঙম্খৈ

য়েংবগী ঙম্খৈ,
তাবগী ঙম্খৈ,
তূমিন্না লৈবগী ঙম্খৈ ;
ঙাইহৃন লৈবগী ঙম্খৈ,
খাঙ্‌হৃন লৈবগী ঙম্খৈ,
ঙম্খৈ, ঙম্খৈ, ঙম্খৈ,
ঙম্খৈশিগী বাংমবু হেক্ লান্‌থ্রবদি,
বরিনো অমদি শোয়দন ওইরনি ।
ঐনসু খঙ্‌দব, নঙ্‌নসু খঙ্‌দব,
মানসু খঙ্‌দব কনানসু খঙ্‌দব,
অচুম্বনিসু খঙ্‌দব, অরান্‌বনিসু খঙ্‌দব,
খঙ্‌বে হায়বসু খঙ্‌দব, খঙ্‌ডী হায়বসু খঙ্‌দব,
সুকখঙ্‌ খঙ্‌দব, সুক্‌খঙ্‌ খঙ্‌দব,
খঙ্‌দবগীসু খঙ্‌দব, খঙ্‌দবহৃগীসু খঙ্‌দব ।।



## ৱা

অনী তিল্ল চাঙ্নবা.
অহুম্ পূল্ল শোম্নবা,
ইমুং খুদিং পম্নবা,
লৈকায় পূম্ব থম্নবা
মায়কৈ শীম্ন খঙনবা,
লৈবাক্ বাথোক্ ওইনবা,
থম্মোয় থম্মোয়দ থম্নবা,
অচুম্ অরান্ অউবা,
থল্ল্ খুদিং থাঙ্ঙম্দবা,
মৈহৌ মৈচাক্ মৈচেন্বা,
ঈগী ঈচেল্ ঈকারা,
পেল্ল পিরাং পিম্থৌবা,
কাউগে নীংন্ ঙম্দবা.
হায়গে থল্ল য়াদবা,
করম্ থাঙ্নি অসুম্বা ?!?

---

## "শঙ্গোম্ চফু"

কা মাপল্গী ইগী য়ুম্জাওছুদ,
মমা মপাছুন চেক্শিন্ন থনম্বনি,
থোম্জীংব মচাচুগী শঙ্গোম্ চফু'ম ।
লমখাঙ্দ য়ান্শিন্খিবনি থোংখান্গী ঈশিং,
অপুন্ব মনম্ নমথিরব ঈশিং ।
শেন্দোং ফংননব,
শুপ্নগী শেন্দোং থরদং ফংননব ।

য়ান্শিল্লব শঙ্গোম্চু খক্লবৈ মচাচু,
পুম্থরক্খিবনি মচেং—মচেং মশাচু ।
খঙ্ভী, লোইনমক্ল খঙ্ভী ।
শঙ্গোম্শে থক্লবদগীনি,
হেক্ থক্লবদগী ।

থরন ম্নশিঙ্গা থোক্পমখৈ লাওই—
"শঙ্গোম্শে পুম্মে, পংপুম্ পুম্মে ।"
থরন হায়, ঈতপ্ ত্পথন—
"ঈশিংশে লৈথোক্শি, শঙ্গোম্দ য়ান্শিন্খিব ।"
থরন মমীৎ ঈ—কান ঙংহুন হায়—
চফুশে থুগাইখ্রো ; লাক্কুন লংথোক্খ্রো ।
ওইরোইজ্রব য়ানী, কান্নজ্রব পোংনি ।"

কনাম্নু থৌশাদে, থওইন থম্নদে ।
অশোয়ব থিনৈ, অচুম্ব শানৈ ।
অঙম্ব তাম্নৈ, অশিংব শক্নৈ ।
অমগ অমগ মমায় ঙাঙ্নৈ ।
অহুব্নু X X ! ! ? ! !
নোং মুরব মুম্হুগী কাচিন্দুদ,
পুম্নব মশাহু লেঙ্ব ঙম্দবমখৈ,
হয়িং বা—বা ইম্ন,
কপ্লি মখোল্ খোক্তন অঙাংহু ।
মথন্তু,
থম্মোয় মনুঙ্দ,
পুম্থরক্পগী মনমদ ;
পংথরক্পগী চৈনাদ ॥

---

## মায়থীরব খোঙ্‌চৎ

কালেন্‌গী ওলাঙ্‌লব অহিং অমদ,
তূম্‌ নিংবৈ লাইরেম্বীন তুংওইন চৎপ্রবদ,
লোন্‌শিন্নব খোঙ্‌জাওহু খজিক্তুং হাংহুন,
খোক্লুই ঐনঃ য়ুম্‌গী মপান্দ ॥

অমুব শম্লাঙ্গন লুতুংদ চোইজায়ন,
মহৌশা লাইরেম্বীন ঐবু ওক্লম্মী,
হরাও তয়াম্ন মোমোন্‌ নোক্ল ॥

মরোল্‌ খঙ্‌ত্রব ৱাহৈ খরদং,
ঐগী নাকোংদ লোম্ন হায়রক্‌উঙৈ,
চঙক্লরব ৱাখল্‌দ ভাইহাক্‌ পল্লিউঙৈ,
থুনাং পায়হুন ঐবু পুম্নম্মী;
লৈনম্ন হারব লৈরাং মরক্ত ॥

লংপাগুম্‌ লংলব লীক্লান চাইথোক্লব;
শংবান্নর নাপীগী ফিরাংজি মথক্ত,
ফম্‌থমিন্নরম্মি মাগ তপ্ন লেঙ্গোম্নহুন ॥

খোইমুগী মুংশিব শৈরোল্‌ মরক্ত,
মুংশীংকি শাহন্ন ঈনোৎ হাপ্লক্‌উঙৈ,
লৈকোল্‌গী লৈরাংশিংন চীন্‌চপ্নবহু উরগ,

থাবল্গী পারব মাংগী ইন্নফিহুন,
কুপ্শিন্নক্তৈ ঈথক্ত মোমোন্ নোঙ্ক,
তাউহন্খি অঙক্পা ইথক্ ইরাংমদ ॥

তরং মালংনরব মীৎকুপ্ অহুদ,
তারক্ই থবান্গী অরোন্ব মীনোক্ ।
ঙাঙ্লব মায়থোঙ্ন ইকায়ব থাঙ্লিঙৈ,
থাদরক্ই কৈরাক্ নিংথৌ তুরেন্গী ॥

ইকায়—ইকায়ন ইথুৎ শয়ন,
কাথৎমিরে কৈরাক্তুদ তপ্ন–তপ্ন ।
নোংমদোল্গী থোঙ্গাল্দ থাজন থবান্গ,
ওক্লম্মি ঐথোয়বু হরাও তয়াম ॥

থাবল্গী ইন্নফিন মকোক্ থুন্নহন,
ঐগী ঈতুংদ ঈকায়ন লেপ্লিবী,
মহাক্পু পুশিন্খি শনাগী কোহুংহুদ ।
মীৎচিন অমুক্তং লোম য়েংলগ,
চৎনিংদন চৎপ্রবী মাবু ঐন,
থাম্নিংন থাম্জব ঙম্খিদে ইকায়জবন ॥

ইনাক্ত লেপ্লগ মথোয় ঙম,
চঙ্প্রবদ শনাগী কোম্বুং মন্নুংদ,
ইদোম্ লেপ্হৌই শনথোঙ্ মপান্দ,
কনাস্নু থোরক্তে, কনানস্নু কৌরক্তে ।
পূম্চিক্ চীক্হৌরে পদম্তাক্ তাক্হৌরে ॥

চিংনন লেপ্লুরিব মীৎকুপ্ কয়াদো,
থাজব মাঙ্লক্ই অসুম্—অসুম্ ।

ভাইবগী পন্‌খৈ বাংম লাল্লকুঙৈ,
অরোয়ব মীৎয়েংন অমুক্তং য়েংলম্লগ,
নীংব কায়রব থম্মোয়শে পুন,
কুম্‌থরক্‌ই কৈরাকুন্দ নিংথৌ তুরেল্‌গী ॥

ঐতবু খোরাংন ভাইহুন লৈরম্ব,
হৈপাল্‌ লৈপাল্‌শিং পোম্বী চেক্লাশিং,
মায়থীরব লাম্মীগুম ঐন হন্নক্‌পদ,
তুমিন্ন লৈখি মরু লুক্‌খি ॥

খাঙ্‌ঙম্‌দন থাংলক্লিব খোঙ্‌থাংহুগী পম্বুং,
ঐগী থূরব কাহুদ ওইরুঙৈ,
থিংজিন্‌থ খোঙ্‌জাও, থাখি পোরোন,
কন্‌জনব ইশান ইশাবু ইকায়বদগী,
কন্‌জনব ইশান ইশাবু ইকায়বদগী ॥

---

# "ঐ কপ্‌ঐরোই"

নিংথৌ তুরেল্‌ন ঈচেল্‌ থৈঐবদ
ঙশি থাশি অহিংগী অমম্বশে,
হেনগংহল্লি অমুক্‌সু অমুব লৈচিল্‌শিন ।
মরোল্‌ অহুম্‌শে য়োংশিল্লগে হোংনরি,
সুরু মম্বব অহিংগী অমম্বশিন ।
কুণ্ডলব অথাক্‌ অরাওগী মরকুশিদ,
পাম্বৈ লৈত্রব নোংমদোন্‌ অতিয়ান
তেংথারি মদোম্‌ থম্মোয় শোক্ল ।
সুমিৎ - থা থরান্মিচাক্‌,
অচৎ চৎত লেংলি পাল্লিব পুম্ব,
চঙ্‌লক্লে লেপ্‌তন অমম্বগী খয়াৎসুংদ,
অমগী মথংদ অম, অমগী মথংদ অম ।
অতুবু ঐদি অমম্ব মরক্‌শিদ-কক্‌ঙাওনন,
হে শকখঙ্‌দব ! নঙ্‌তবু য়েংলিনে,
ইমীৎ উইশিন, ইনা মেন্‌শিন্‌ ।।

ঐ খঙতী, লেপ্লম্‌গনি নহাক্‌ শোয়দন
ঈগী লোখোংহুগী নীংথায়রক্লব তোর্ব্বান্‌ মথক্তদ
খৈনাইত্রব সুংঙাইবগী শাহম্‌ অমন
য়ৈরম্‌গনি নঙ্‌গী লং-তোং খুদিংমক্ত ।
কাউরম্লগনি ঙম্ল অরোন্‌ব পিগী বারী
হৌখিব ওইরিব অমদি ওইরক্লদব ।।

হে থৌশাদব !
করম্ম ওইখিবনো নঙ্ন মিন্নুংশি খঙ্দব ?
করিগীনো নঙ্ন অস্নুক্ নীংঙাইখ্রিব ?
থাঙ্ঙমজ্রব মৈগী চাংয়েংশিদ,
হুজ্ঞিন্ বিরিব ঐবুন করিগী ?
মশিবু ঙাক্‌পিফম্ থোক্ত্রব;
করম্ম ইরাল্‌গী চৈর ক্লো হায়ম্ম ??
নত্তে !
তাইবঙ্ন খোঙ্গাওনরবী মাবু ম্নুংশিরুবগীর ?
থম্মোয় অমগী চৈনাখোল্ খঙ্লুবগীর ?
পিরাং অমগী পাউখোঙ্ ফোঙ্লুবগীর ?
খোমলিক্ অমগী লমন্ শিংনিংলুবগীর ?
মহুগী দমক্ত ওইরবদি, হে ম্নুংশিখঙ্দব।
ওৎলু, নৈয়ু, থম্মোয়শে মচেৎ তান ।
থাঙ্ঙম্লব থবায়শিন হক্‌চাং থাদোক্‌প্রবম্ম
ঐ কপ্প্ররোই, ঐ কপ্প্ররোই ॥



# অশেঙব মী

ঈমা, ঈপা, ঈয়াম্ব, ইচে,
ঈথক্ থোংব, তাক্পি তম্বিব
খুদিংমক্ক হায় মতম্ খুদিংদ—
"মী অম ওইনব হোৎনৌ,
মী অম ওইনব হোৎনৌ ।।
ঐন খল্লি কয়ারক্ হন্ন,
অচীক্প মফম্দ মীয়াম্ মরক্ত,
অয়ুক্ শুংথিল্দ অথেঙব অহিংদ—
"মীগী মরক্শিদৈ করম্ব মী,
মীগী মরক্শিদৈ মী ॥"
মী ওইরব ঈমা ঈপান,
পোক্পিরে ঐখোয়বু মী ওইন,
হিংলি অছুন মী মরক্শিদ,
"মশিমক্তদ হায়রি মী ওইয়ু
মশিমক্তদ হায়রি মী ওইয়ু ।"
বাহৈশীমক্ক থম্মোয়দ চিংনব পোক্হল্লি,
মীশিবু মী নত্রবর খল্হল্লি,
অছুন থোরক্ই বাহং অম—
"মীগী মমিংদ হিংলিবশিংশিন কনানো,
মীগী মমিংদ হিংলিবশিংশিন কনানো ?"
অস্নুন্ন খঙ্নিংলক্ই বাফম্ অমসু,

চীরোন্ হৈরব মরো লৈরবশিংসে,
করিগীনো লৈরিব মশক্ লোৎতুন—
“মী শাতুন মীগী খুন্নায়শিদ
মী শাতুন মীগী খুন্নায়শিদ ।।”
ইথা থাজদন য়ানিংব ফাওরক্ই.
ইপাম্ পাম্দন অচুম্ব মাল্লক্ই,
মীনি হায়তুনা হিংলিব পুন্নমক্—
“মী হায়বদো নংলম্দব তাই
মী হায়বদো নংলমদব তাই ।।”
মতুন ওইগনি খংনরিব হাংনরিব,
মিহুংশি লৈনব্রিব, থোজাল হৈনব্রিব
অচুম্ব মাঙ্হন্নরিব থাজব লৈহন্নব্রিব—
“মী মানবশিংশে অমগ অমগ,
মী মানবশিংশে অমগ অমগ ।।”
অতুদি কনানো মী হায়বদো ?
ঊব ফংব্রব মী ওইবনো ?
করম্ন শিগনি কনাদ হংগমি ?
“মী মী অশেংব মী
মী মী অশেংব মী ।।
মী মশক্ খঙ্ব্রব মীরক্শিদ,
মী অমত্তংদি থোরক্প ফৈ ।
মতৌ তম্নব য়াথং ইন্নব—
“ঈমা ঈপাগী ঈয়াম্ব ঈচেগী,
ইথক্ থোংবগী তাক্পি তম্বিবগী ।।

---

# ঐ

ঐ,
ঐগী ঐ,
ঐগী ঈমা – ঈপা,
ঐগী ঈচিল – ঈনাও,
ঐগী মরী মতা,
ঐগী মরূপ্‌–মপাং,
ঐগী কাঙলুপ্‌,
ঐগী খুন্নায়,
ঐগী মীওইব,
ঐগী খরায় পানব,
ঐগী লৈবাক্‌ ,
ঐগী মালেম্‌ ,
ঐগী মরোল্‌ অহুম্‌গী তাইবঙ্‌পাল,
ঙম্‌খিগদরা ঐগী ওইন কোন্‌শিন্‌ব,
ঙাক্তুন থম্ব অসুম্মক্‌ তেক্ত কায়দন,
নীংখায়রক্লবদ অসুম্‌ মচেৎ – মচেৎ,
উংখৎনবৈ রাখল্‌দ অমগ–অমগ,
অঙম্‌ তাম্নবগী, অশীংব শক্‌নিঙ্‌বগী ।

---

# মনীংখোঙ্গী মীকো

খঙ্নখিদে নঙ্গ ঐগ অমুক্তসু,
মপোক্ কয়া কয়াগী মমাঙ্দসু ।
অহুবু থাজরি থম্মোয় অসিদ,
লাকনি শোয়দন নঙ্ন ইনাক্ত ॥

মরূপ্ মপাঙ, মরী মতা,
থবায় পানব-পান্দব,
ঙম্নমক্কি মফম্দ লোয়ন,
কোয়চেন্ চেন্ন পাউতাক্ক্বই,
নহাক্ লাকনি শোয়দন লাকনি ।।

অহুবু লাক্কে, নঙ্দি লাক্কে,
পূন্নমক্ক ইফমূ থাজদব হৌরক্কফাও
অহুন কৌরি নঙ্তবু কৌরি,
পাখংন, লৈতাদন, ভয়াং-ভশোইন
ভুমিন্ন ইদোম্ ইথক্ত,
কনা খঙ্হন্দন,
লোন্ন, য়ান্ন লোন,
ইশা কক্কনবগীদমক্ ;
ইচৌন্ থীরুবগীদমক্ ;
লান্ন থাজরুবগীদমক্ ;
লান্ন থাজহন্নবগীদমক্ ।

---

# তূকৎচৈ

ও !, মীন মীওইবদগী কুম্থখিবন,
শারক্ত শারম্‌চৎ চৎখিবন,
লৈকোল্‌শে উমং ওন্‌খিবনি ।
লাইরৈবাক্তশে নোরোক্‌ ওইখিবনি ॥
ঐস্সু খঙ্‌ঙী ! নঙ্‌স্সু খঙ্‌ঙী ! ?
মাস্সু খঙ্‌ঙী !?। লোয়ন খঙ্‌ঙী !?! ।

অশ ! লম্‌দম্‌শে মোৎলে, চীরোম্ন থল্লে ।
অচুম্ব মাঙ্‌খ্রে, নমথাক্ল কুপ্‌লে ।
কুইররোই মাঙ্‌লনি, পুম্মাঙ্‌ মাঙ্‌লনি ।
ঙম্নমক্‌ মূৎথ্রনি, পুম্নৎ মূৎথ্রনি ॥
ঐস্সু হায় ! নঙ্‌স্সু হায় !?
মাস্সু হায় !?। লোয়ন হায় !?!।

অত্থবু ! মীদ মীওইব হিঞ্জিন্নব,
লৈকোল্দ লৈনম্‌ য়েন্নব,
লাইরৈবাক্ত সুংঙাইব পীননব,
কনান করি তৌনথ্রবগে ? ?
ঐদি তৌদে । নঙ্‌স্সু তৌদে ! ?
মাস্সু তৌদে !?। লোয়ন তৌদে !?!।

অত্থদি । চীরোম্নি, ঙম্নক্ত চীরোম্নি,
নম্থাক্লি, ওইনবনি, লোনম্নি
অচৌব শানিংবনি অখঙ্‌ব ওইনিংবনি,
মনিং চৎনিংবনি শোম্নহৌব পাম্নবনি ।
ঐস্সু তুকৎচৈ । নঙস্সু তুকৎচৈ ।
মাস্সু তুকৎচৈ । লোয়ন তুকৎচৈ ॥

---

## খোঙ্‌ফম্ অমত্তং

নখোয়গী পাক্‌চাউরব মালেম্‌শিদ,
ইখোঙ্ নাম্মতং লেপ্‌চনব,
পীয়ু ঐগী খোঙ্‌ফম্ অমত্তং,
সূপ্নগী খোঙ্‌ফম্ অমত্তং ।
নত্তবদি চোংথরক্লনি ঐদি,
চগুঙ্‌নন লৈরিব নখোয়গী নথক্ত ।
মতুদ নখোয় শোক্‌প য়াই ।
হৈনদব য়াই, তুক্তংচব য়াই ।
নখোয়গী ওইজব কয়া মাঙ্‌ব য়াই ।
অতুন নখোয়গী পাক্ চাউরব মালেম্‌শিদ,
পীয়ু ঐগী খোঙ্‌ফম্ অমত্তং ।
সূপ্নগী খোঙ্‌ফম্ অমত্তং ॥

---

## মৃৎখিগদোল্লব থাউমৈগী মৈল্লী ।

ঐখোয়দ মত্তেঙ্ পাংউ—
নত্রবদি কাপ্তুন হাংকনি ।
মখোয়দা মত্তেং পাংগনু—
নত্রবদি কাপ্তুন হাংকনি ।।

কাল্লে ফদ্রে, কাল্রে ফদ্রে ।
মুঙ্ অনীগী মরক্তা হা ওইরে ।
শক্রেন্বী ইমাসু মথ্বাঙ য়ৌরে ।
অছুবু শান্তিনি লম্দম্শে শান্তি ।
অছুবু শান্তিনি লম্দন্শে শান্তি ।।

---

ঐদি শিব য়াদে

নঙ্দি শিব য়াই
মহাক্সু শিব য়াই ।
নখোয়সু শিব য়াই ।
মখোয়সু শিব য়াই ॥

অদুবু ঐদি শিব য়াদে ।
হিংহুন লৈতব সুংয়ামক য়াদে ।
মরম্দি—
মাগীদমক্, মখোয়গীদমক্,
নঙগীদমক্, নখোয়গীদমক্,
ঐগীদমক্ ঐখোয়গীদমক্ ॥

---

# মীওইগী মমল

মীগী বৈথেল্‌শিদ মীন,
য়োল্লি মী মথা-মথা ॥
মীগী মমল্‌ শোয়ৈ, লেপ্পী ।
মীগী চীল্ল মথং-মথং ॥

অহিং অম য়ারেক্‌পগী চাউয়াক্‌প মমল্‌—
লৈশাবী অমদ লদ্‌পা ২০০ দগী ৫০০ ফাও,
মোন্হা অমদ লদ্‌পা ১০০ দগী ২০০ ফাও,
মোয়ায় অমদ লদ্‌পা ২০ দগী ১০০ ফাও ।
মীগী বৈথেল্‌শিদ মীন,
য়োল্লী মী মথা-মথা ॥

মীচম্ অমগী চাউরাক্‌প মমল্‌—
পুলিস অমদি আর্মিন শোক্‌হল্লব মীগী মমল্‌,
লদ্‌পা লীশিং ৫ দগী ১০ ফাও ।
পুলিস অমদি আর্মিন হাৎপ্লব মীগী মমল্‌,
লদ্‌পা লীশিং ১৫ দগী ২০ ফাও ।
মীগী কৈথেল্‌শিদ মীন,
য়োল্লী মী মথা-মথা ॥

লাইরিক্ হৈরব মীগী চাউরাক্‌প মমল্‌
মেত্রিক্ পাস অমগী লমল্‌,
লদ্‌পা লীশিং ১০ দগী ২০ ফাও ।

অন্দর গ্রেজুএৎ অমগী মমল্,
লুপা লীশিং ১৫ দগী ২৫ ফাও ।
গ্রেজুএৎ অমগী মমল্ ।
লুপা লীশিং ২০ দগী ৩৫ ফাও ।
পোষ্ট গ্রেজুএৎ অমগী মমল্,
লুপা লীশিং ৩০ দগী ৫০ ফাও ।
মীগী কৈথেল্শিদ মীন,
য়োল্লী মী মথা-মথা ।।

ওফিসত চৎ-রিব চাউরাকুপ মীগী মমল্—
ফাইল্ অম লৌশিন্বগী মমল্,
লুপা ১০ দগী ২০ ফাও ।
ফাইল্ অম পুৰিবগী মমল্,
লুপা ২০ দগী ৫০ ফাও ।
ফাইল্ অম শুবিবগী মমল্,
লুপা ৫০ দগী ১০০ ফাও ।
ফাইল্ অম টেবল্ লান্বগী মমল্,
লুপা ৫০ দগী ২০০ ফাও ।
ফাইল্ অম ইখৎপগী মমল্,
লুপা ২০০ দগী ৫০০ ফাও ।
ওর্ডর অম থোক্পগী মমল্,
লুপা লীশিং ১০ দগী লাক্ষ ১ ফাও ।
মীগী কৈথেল্শিদ মীন,
য়োল্লী মী মথা-মথা ।।

ভোটুভ চংনন্নিব চাউন্নাকপ মীগী মমল্
ভোটর অমগী মমল্ .
লদপা ১০ দগী ১০০ কাও ।
এম০ এল০ এ০ অমগী মমল্,
লদপা লীশিং ২০ দগী ৩০ কাও ।
ষ্টেট মিনিষ্টর অমগী মমল্,
লদপা লীশিং ৫০ দগী লাক্ষ ১ কাও ।
কেবিনেট মিনিষ্টর অমগী মমল্,
লদপা লাক্ষ ১ দগী ২ কাও ।
চিফ মিনিষ্টর অমগী মমল্,
লদপা লাক্ষ ১০ দগী ৫০ ।
মীগী কৈথেল্শিদ মীন,
য়োন্নী মী মথা-মথা ॥



## হূই অঙাওব

নোংম সুংগিল্ পোবোপ্ত,
মনিঙ্লোম্গী ইনাকখুনবহু,
মনাই মশন্গ লোয়নন,
হি.খাল্ মতোম্দ ফাওরকই ।
সুমাঙ্ ময়ায়দ শা'লিব শম্জিরৈহু উবদ,
নোক্ফেৎ তৈ.ই, পৎ থৎখি ।
খঙ্হৌদে শৎ পাইথোরক্ই,
পোঙ্জিন্দ কূল্লিব হূইজাওহু ।
ইনাক্খুন্বহুগী খুবোম্দ তাপ্ লাক্খি ।
লীচৈ ভুঙ্গোন্বীহু তেক্ল কল্লফাও থাদোক্লবদ
চৈনাখোল্ খাঙ্ন লাউরক্ই—"হূইনহে !!!
খোল্লাউহুদ প্রপ্-প্রপ্ চেঙ্খোরক্ই ইমুংদগী,
কুম্ লায়নান নারিবী হমুবীহু ।
খাম্জিঙ্গে, চেৎন পুন্শিন্খি,
শুম্ চারব মাঙ্গোন্ উংথাক্তেন্দুদ ।
অশাউব কোক্ত্রিব হূইংদি.
ময়া খিগৎতুন ঙংলি ইনাক্খুন্বহুদ
য়াখুন্ তান শোক্লব মথুংবাম্
মচেৎ তান শেগায়র' কৈজোম্ ফিবান্
হাইফেৎ য়েংই, ময়া ক্রক্ চীকুই ।
পৌদাখি, থাক্তন থম্লব মনাইশিংহুদ—

"হুই অঙাওবশি হৌজিক্মক্ হাভোক্উ ।
হুই অঙাওবশি হৌজিক্মক্ হাভোক্উ ॥"

খাম্ব নংহৌদে, থোম্জিন্খি পুন্ত্রুপ্ - পুত্রুপ্
চেক্তুম্, সুঙ্‌তুম্, উতুপ্ বাতুপ্ ।
মীশক্ খঙ্দন চাক্লুব হুই অঙাওবত্থু,
খাঙ্ঙম্দন থোংলকই - কয়েং - কয়েং ।
পাম্বৈ লৈতন কপ্লিরী হন্সুবীহুন্দ,
য়েংলম্মী চীংন অয়োয়ব মিংয়েংদ ।
অহুদগী লেক্থখি, মিহুন্ থাহুন্ লেপ্খি ।
মথম্মোয়হু খৈন পেল্লমাল্লে ইনাক্খুন্‌ব ।
মফি কল্লগ চংখি ।
নাক্ য়েংত থৌগল্ তৌখি ।
অহুবু,
ঈ তৈরব অশীব হুইহুদি,
তাহৌরি থবায় য়াওদন লম্য়াইহুদ ।
থবায় য়াওব্রব মশাহু কোন্দুন হন্সুবীহুন তেংথাহৌই—

"নঙ্ শিখিহু, হিংগৎলক্খো হিংগৎলক্খো ! !
নঙ্দি লাঞ্জদবনি, তশেংন লাঞ্জদব ! !"

তাবিল্লব থোঞ্জেল্হু ভিনখি,
লৌবুক লম্মাংদ, অহাঙ্‌ব মাল্লংদ
মথোল্গী মথোল্ অসুম্ ওইখি ॥

